# চিংঙু-নোংদম্বা



কালা ( মোইরাংচা )

# লৈহৌৰা

লাইরিক অসি "হয়ি-হয়া" অনিনা অমম লোক্তা লৈশানর-ক্তুনা, য়োইময়াই মালেম অঙানবদা সাকোংলবা নৌরাগী নাউনৌবা তরুক্কি শুবা মুমিত্তা, তাইবং য়ুমথোং খুদিংগী ইনাৎকী চৎনবী ওইরিবা ইশাল (য়ুপাল) থাবা ছুমিংকী থুমন য়ুথক্তা, নৌবা মাগী মোংবা ময়ানয়াই, মপন-পন্থোগী মাঙ্গোল য়োইকোম্নুংদা, লৈকাই পাকংথৌ, অহন-লমন, মুক্তা শকহেনবী, অহন-হনু ময়াই বারবীশিংনা হৈগ্রাং কোকথোংপু, তাওচিং লুথোংমা রাইথুংলরবদা ( হয়ি-হয়া ) অনিগী মথুয়া থম্বাল থাদা, হৈরাং লৈরাং লাংতুনা সৈশক সৈতানরম্মী হায়-তুনা, পাথাংকোক্কা চৎনরম্বা, পুথাংকোক্কা লায়েক্তুনা থম্বীরম্লবা, (নোংদম্বা পুবা) কোনোক থেঙ্গ্না ইপূ মাইচৌনা, লায়েক্তুনা ইনাৎ অসিবু থম্বীরম্বদগী শিন্দোকচবনি।

নোংদম্বা পুবা অসিবু ইনাক্তা লায়েক্তুনা থম্বীরম্বা, লৈহৌ-নোংহৌ কৌনা অহানবা লাফোংখিবদা য়াওখিবা, কোয়ৌ থক্তা লৈচিং থোংনেৎনগ্রবা মাইচৌ থাংমৈবন্দা লৈবা (ওক্রম নিকত্তার মোইরাংচা) চীংথুদা লৈবা (মৈস্নাম অঙাংজাও লুরাংচা,) ইপা-ইপু ইনাৎপু লা-ফোংউ হায়না পাওত্তাকপিবা, ঐবু পোকপা পম্থৌনচিংববু হন্না-হন্না পুনেমজৈ। অমহিকস্নুং ইপা ইপূ ইনাৎপু লাফোংজবা অসিদা, অয়োল অয়ান উনমগী অপোইবা থৈবীক অপুম্বা তাইবংচানি থন্দুনা থাই তমানা ওাকপিয়ু।

## ( থৌপুবা )

পুপ্ৰম্ম কালা মোইরাংচা।

চীংঙামথা তোয়াল লৈমক ময়াই লৈকাই।

# খোমচিনবা থৱা

## ইয়েক মচুশিং

১   কৌপু =(কৌপু-লাইচি।মোইরাং = অঙৌবা + অমুবা (অরাংবা)

২।  অচিং (থাংজীং) = (মোইরাংলাইচি) মঙাং = অঙাংবা মচু।

৩।  ৱাংবলেন ( মথা )  থুমন = অমুবা মচু।

৪।  তাইঙমলেনবা ( মৈরম ) = লুৱাং = লফু লায়োন মচু।

৫।  নোংদোল লাই ( চিংথৈ ) = শানবা = ঈশিং মচু।

৬।  মালচিং ( মায়চৌং ) = (অৱাং) = তলং হি-হোনবা।

৭।  লোয়ালাকপা ( নোংচুপ ) = অঙোম = উংমানবা মচু।

৮।  চোংথে-লাকপা ( নোংপোক ) = ঊ ঃ ঃ ঃ




## ৱাহনথোক থৱা

১। মৈংদবা— ৱকম

২। সালাইমেন— সোৱাক্লেন

৩। কাওচনবা— লুক্লোংবা

৪। লমপোইবা— লমকোইবা

৫। লাঙবা— কংপা

৬। অসি— ঙসি

অসিনচিংবা

# চিংঙু-নোংদম্বা

হয়ি-হয়া-হে, হে লিক্লাইও ইপুথৌ নোংথৌলেন পুমাবও, নদাই-লেম তয়ুম ইরাকমনা থোইয়ুম সানা খুয়ালেন্দা হন্না হন্না পুনেমজে।

নহাল নোং হয়িঙৈগী মতমদা কোয়ৌ নোংদোল থক্তা, চিংঙু নোংথৌ সালাইলেন অরাং পাথং য়োইলেনবা, থাকপা নিংথৌ তেন-হৈবা কোনথৈ অতাম্বা, ইমু থাওমবা ইঙৌ চাংখিনবা মিংয়েং তাচুম্বা নাকোং নাচুম্বা, থোইয়ুম মহিসাং চিংঙু মঙাইলোই থক্কী-থাগী লাই-য়াম পুম্নকপু তাউও।

থোইয়ুম ঐগী ইমোম লাংলেন লাইনুরা ওয়েংমক্না, চিংঙু ঐগী-দমক চাবা মচেং তুম্বা মচেং ওইনা, মথুত্তা সাথৈ কাংহায় পাইহনা হৈনা থৌগল চংজরিবা অসিবু, মালেম অসিগী মন্নুংদা ইমোম লাংলেন লাইনুরা তরেং অসিগা মান্নবা রাবদি লৈররোইএ, হায়না লাংবন চিংথোইলেন হিগুম্বা য়াথংনা পাওতাকপিরবদা থোইয়ুম মঙাইলোই পুম্নমক্না থুমত্রিঙৈদা, চিংঙু নোংদম্বা সারু লাইবক খেনলা ইবা, শিং-হুম নিংগোই শুবা নোংপোক মালং হুম্মোইবনা, থোইয়ুম মা মাংদা চোংথোক্কনা খুংকাং চাংজৌ তম্বা চেপ্পা লোম্না পাওখুমজয়কই।

হে থোইয়ুম মপুলেন শিদবও, চিংঙু নয়াথংনা ননাই নোংদম্বা ঐবু নোংমদা চাম্মা পোকপনে, নোংমদা চাম্মা শিবনে, অদুগীদমক সারু লাইবক খেনলা ইববু, তাইবং য়ুমথোং খুদিংদা কোইনা কোইন চংশদা, ননাই নোংদম্বা ঐনা উজবদা নমোম লাংলেন লাইনুরা তরেংনা রাবদি থজিক্তা নত্তবরা, সামু হকচাং মাননা য়াথবু রাবা

কৌবরা ? মযোম লাংলেন লাইঁথুবা ভরেংভগী থোইনা হেক্কা থাবদি নমু তাইবং মীওইবনা শিংমা থোইনা হেক্কো থাবমু মনাই নোংদম্বনা মিংথোং সানখৈরকএ।

অমুম হায়না নোংদম্বনা, থোইথুম সাজাইলেন খিদবগী মকম লাংনা হজংচরবদা, থোইযুম কোনখৈ অতাম্বনা মপুক্কিংদা থাগৌরক্লুনা হায়রকই।

হে নোংদম্বা সারু লাইবক থেনলা ইবা, নংগী মথা অসিবু তাবদা চিংঙু ঐনা উত্তিএ। থোইযুম ঐগী চেংজৌ ইমিং খিংনা য়েংলগে, মালেম তম্পাক অনেম্বদা কুমথরগা, তাইবংগী অৱাবা মতৌ লাংলোন ওম্থোকপবু য়েংঙুরগে, হায়না নামুং সলি মতোল লোমখিএ।

থোইযুম শিদবা মিংয়েং তাচুম্বনা মুংভোন রাপেপ মতোল লোম-খিবগী, কোয়ৌ থুমিং লৈপাকপোকপা, লোইদাম কালেন থাদা, মালেম তম্পাক অনেম্বদা কুয়গে হায়বগী চিংঙু চেংলৌ শকতম্ব থাদোক্লগা, নমু তাইবং শক্তম জৌরথুনা ( লমপোই ) লাইবু নিংবা শানা, লমজেন মদাইমা ( লুৱাং কৈনিং চনিংশোই, ভাংনা মানবী লোক, লোকোন চাংদোন উথুমপোক, লাংগোল চীংগী অমম লৈশা লোক্কী লাইকম মতাকবা, তক্কা কোমখৈ অতাম্বী কোয়ৌ নোংমা উদবী, মহু নিংথৌ লাই পাথং ভরেংকা, থোইনৌ মতালোই লাইখুরা ভরেংকা, থুমিং খুদিংগী ফিবুন অহাবী, শানৈ, হায়রিবা অমম লৈশা লোক্কা) কুমথরক্লে।

থৌহু মুংপাক অমগী মথক্কা কুমথরক্লুনা লৈরম্বী হাক্কগী (অমুবা) মুথা নিংথৌ কৌএ। থৌহু মুংপাক অঙ্কবু কয়িম্বীদমক মুবা নিংথৌ কৌম্বিবনো হায়রবদি, সাজাইলেনবু অমুবা নিংথৌ অপানবা কৌএ।

অহু নোংগীবু মুরা নিংথৌ হায়না পোইলৈদা কামথিবনা মুরা নিংথৌ হায়না মিংথোনখিএ।

অতুম্না কুমক্তুনা সালাইলেন কৌবা লাইনা নমু তাইবংগী শক্তম লৌহুনা লমপোই লাইবু নিংবা শাহুনা তাইবংগী অরাবা মতৌ য়েংগে হায়বগী, থোইযুম মমাই নোংপোক পাংবা কংলৈ মপুং তম্না থোং-শানলকই।

য়াংদৌ লম্বী চংলকপদা, নমু তাইবংচা অহনগী মতম ওইরবা, মপাগী শাংক্রবা মমোম কুইদরবা, শাগৈ-নাত্তে কম্না লৈজন্ত্রবা, অহুম অমনা মপাঙলদি শোন, অকনবা থবক্তি শুবা-শুমত্রবা, তাইবং থবাইদি শিবা য়াবা নত্তবনিনা অয়ুক য়েন্দা মাংদগী, তাইবং য়ুমথোং থুদিং কোইনা কোইনা চংচহুনা তরা চেং নিরুবগা, চেং ময়োম অমা নমদা পোরগা হুমাং লোক, ইকা চৈশু পানলোইনহুনা থানা লাকপদা তাইবং অহন অহুগা চিংঙু নোংথৌ সালাইলেনগা য়াংদৌ লম্মথাংদা লমওররে।

তাইবং অহুগী অরাবা অহুবু উবদা চিংঙু নোংথৌ সালাইলেন লমপোইবা লাইবু নিংবা শাবনা অহন অহুবু য়েংহুনা হায়রকই।

পঙ্গৌ মতম মানবা নংবু ভাইথোও হায়না থৌথাম্নগা, করিগীনো ইপাও মংনা অহু য়োনা শোনলবা অহনগী মতম য়োরবা পুন্সি মাংলম-চংনা শাংহৌরবদা শিগদবা নমং নথুংনা লাম্বা কংলক-লবদা, লাইনিং পাৱৈ চেংকেমি হায়রগা করিগীদমক্তা তরা চেংপোং নমদা পো, তাইবং মথৌ লনথোই ভানলিবনো হায়না-পাওহংলুবনু, তাইবং অহনগী মতম ওইবনা হিক্কা হিক্কা কহুনা পাওথুমজরকই।

পাম্নি লৈরাং মতম মানবা লগপোই লাইবু লিংবও, মংনাইশাবু ঙাই-নোক্লম্নিবোইদো। ইপাদি তাইবং মালংপানবগী মপোক্তা পোক্লবদা মতৌ ওল্লোকপবু ওইরেদো।

চিংঙু নোংদম্বা সাক্ত লাইবক খেনলা ইবনা ইপাম্নি শাংকল্লু ইমোম ফুইগল্লু নোংদমখিবনা ইমিত্তা ইচা অমতংবু উখিদরে, শাগৈ নাতৈ কনা হন্না য়েংবস্থ লৈখিদরে। তাইবং মালংপান অসিদা লাইরা অতোম তান, থমলৈ অরেং চেংবা ওইবনা, শোনলবা শিরমদাই অসিদা ঐবু থাকপি য়োকপিনিংঙাই লৈতবনা, নমু য়ুমথোং থুদিং চংনা তন্না চেং নিরুরগা হিংলিবনে।

পারি লৈরাং মতম মানবা করিগী নোক্লবনো, তাইবং মপোক্তি য়েন্নাক খুনবা কনানো, লাইরবা কনানো নোক্লহেদে, খুপাক খুংনম-তনে হায়না য়াথং অথা থোক্লা পাওখুম্নরগা, পারি লৈরাং মতম মাম্বা মংবু লৈহৌরো ঐদি চংলগে হায়হুনা থোংশানখিএ। চিংঙু নোংথৌ সালাইলেম্না তাংজ থেগুম লাং, ইকাই মুংশি নংলহুনা লৈহৌই। অম্নম্না ঙাইহাক পুংগোই লৈরুরগা অমুক হন্না য়াংদৌ লম্বী লাকই।

থম্না চংলে হায়রগা লমলেন অমদা মুজা অহনগী মতম ওইরবী, মপারি শাজ্রবী মমোম ফুইজ্রবী, লাইম অতোন তাল্লবী থমলৈ অয়েং চেংলবী, শাগৈ নাতৈ কনা লৈজত্রবী অমস্থু, মহাকপু য়োকপি থাক-পিনিংঙাই লৈজ্রবী মুজা অহুনা, মথুক্তা লোং অমা পাইরহুনা মাকন্দা ভালুক (ভুঙ্গোল) য়াল্লহনা. লাইজ তলং ইশিং মম্নুংদা কুমলহুনা, মপাদা মালেম লৈখোম লৈনাং লৈতনা লেমলৈ ঙা তান্দুনা লোংখোল-লম্বা অহুবু চিংঙু নোংথৌ সালাইলেম্না উরহুনা, লৈরাই চাংদোন থক্তা লেপ্লদনা হায়রকই।

হা পলেম মতম মানবী ইমা, নংনা লাইজ ভলং ইশিংদা ফুমহুনা, মালেম লৈথোম লৈনাংনা সমু নহাকচাং তৈরহুনা শায়রিবা, অসিবু কম্রি মতৌ কৌবগে হায়না পাওহংববু, মুজা অহনগী মতম ওইরবীনা পাওথুমকই।

পারি মতম মানবা লমপোই লাইবু নিংবা নহাক্লা, পলেম নমাগী মতম মাল্লবী লাইবক থিরবীবু নোক্করিবদো। থোইয়ুম লাই-বুদি নিংলি হায়ববু, থোরম মতৌ মরোংদি খংদবোইদো। ঐনা তৌরিবা অসি মালেম লৈথোম লৈনাং তোংহুনা শায়বোই নিংবয়া।

মালেম তাইবংপান অসিদা থোইয়ুম নোংদম্বা মহাক্লা, লাহ্মন-মুক্কী মপোক্তা তোজ মহৈ মন লৈতবনা, হুন্দকমুক্কী মপোক অসিদা ইপারি শাংতা ইমোম ফুইদা, শাগৈ নাত্তৈ লৈতা পিতং পাত্তংপা মচা ওইনা পোক্লরহুনা, অসি য়ৌনা অহনগী মতম ওইরবা ঐনা, তাইবং থবাইদি চেক শিবা য়াবা নত্তবনিনা, লেমলৈ তাবু তানজক-রগা, তাইবং কৈথেল কাহুনা তরেংকী শেনজা ফংলকপা অহুনা, তরা চেং য়াল্দুনা অসি নোংমগী ঐগী থবাই অসি হিংলিবনে। ঐনা হিংবগী তাইবং লৈবনে।

পারি লৈরাং মতম মামবা নংবু নোক্কগনো, মীওইবা হায়বা অসি খুপাক খুৎনমদনে হায়না য়াথং অথা থোক্লা পাওথুমক্কবদা, চিংঙু থোইয়ুম শিদবদি তাংজ ইকাই নংলবদা, মুজা অহন ওইবীবু য়েংলহুনা হায়রকই।

পলেম মতম মানবী ইমা নংবু শাওগনো, লমপোই লাইবু নিংবা ঐনা খংদবগী মরম্মা হংলুবনে, লমপোই ঐনা লাক্লে। ইমা নংগী নকমদা পুনেমজরি হায়না, তাইবংগী মপু সালাইলেম্মা খুৎফাং চাংজৌ তরা চেপনা পুনেমজখিএ।

পুলেম মতম মানবী নংবু লৈহৌরো, ঐদি চংলগে হায়না অমুক হুন্না য়াংদৌ লম্বী চংলকই। থরা চংলগা লমজেন অমদা, খালৈ লৌখোইরমই। পাখং লেংফাই ত্তিন, মানবী য়েংকা ওইগা পাবোং লাক, কাওলেন নিংতান তম, তারৈ ঙমকাকোই পুলৈ ঙমগা চিংনা লৈরম্বদা, তাইবং অহনগী মতম ওইরবা অমনা, পাখং সামু লেং অকনবাশিংগী হৈনা মতুং ইনবা হোংনবদা অহন অত্তুনা খুয়া কুলোন ছু, ইঙাং পাকতকনা ইমু পামজেম্মবা অত্তুবু, সালাইলেগ্না উরহুনা চংশিল্লক্ত্না থৌথাম্নরে।

পঙ্খৌগী মতম মানবা নহাক্লা অহনগী মতম ওইরবপনা, সামু পাঙল শোনলবা নংনা, পাখং সামু লেং কনবশিংগী হৈনা ভুংকোই ইনবদা, খুয়া কুলোন ছু, ইঙাং পাকতক্লা ইমু পামজেম্মগে। মতুং মতম চান্নবদা কন্নিগী শিনস্থু তানবনো হায়না পাহংববু পাংখুমলরএ।

পান্নি লৈরাং মতম মানবা লমপোই লাইবু নিংবাও, তাইবং নাংনা পান অসিদা ঐবু পোকপা পলেম পঙ্খৌ অনিমক্লা লাইর অতোন তান, থমলৈ অয়েং চেংবদগী মীগী মীনাই ওইহুনা য়োঙ্খোকপিরম্বনা, মীনাইশিংদা চনবনা মরম অত্তুনা খালৈ লৌ অসি খেংইরু হায়না মপুগী শিন্থা লাকপনে। ঐনা লৌ অসি খোইত্রবদি হোরেন হনখিবদা তাইবং মীওইনা পোকপদা, বাবদগী বাবা ঐবু মৈরমগদৌরিবা তবা চাকস্থু পিজরোইদৌরিএ হায়না পাওদমলবদা, চংঙ্ নোংথৌ সালাইলেন শিদবনা হিক্লা হিক্লা কপ্তুনা পাওহমজরকই।

পঙ্খৌ মতম মানবাও পামেন উক্রম অসিদা পোথাজোঙ, নংগী খালৈ ঙমথুং অসি লমপোইবা ঐনা তানলমগে, হায়না লাজোন খুংগু পাইহুনা খালৈ লৌখোইথিএ।

অতুম্না থাবৈ ওমথুং তানবীরম্লগা চিংগু নোংথৌ সানাইলেম্না পন্থো মতম মানবাও. নংগী অম্বাবা শরুক অম্বাম্বু লমপোই লাইবু লিংবা ঐনা শিনসুবীরমলবনে। পন্থো লৈরেৌরো ঐদি চৎলগে হায়দুনা খোংশানখিএ। থবা চৎলে হায়রগা পামেন উকম অমদা কমলগা অবা হকচিক লাংখিএ।

থাকপা নিংথৌ তেনহৈবা, অম্বাং পাথং য়োইলেনবনা বাথন তৌখিএ। লাহান নোং চিংগু ঐগী মুংনাং কাউথংকোন, মমা য়োইকোনমুংদা খোইয়ুম নোংদম্বনা হায়খিবাদো চুম্বা তারে। চিংগু ঐগী ইমোম লাংলেন লাইমুরা তরেৎপুদি, নমু তাইবং মীওইবনা খোইনা হেন্না অবা লৈখৈ তানলমএ।

হৌজিক্কি থংলে হয়েং ইমুং ওাল্লবদা, কোরৌ অসি অহিংদি তাইবং য়ুমখোং অমদা চংলগা কৌবা য়ারেক্কে, কয়েং নোংকাইগে হায়না তাইবং খুনগং অমদা চংলক্লে। খুনগং অতুগী চিদাই থংবা য়ুম অমদা চংলক্লুনা মোংবা মাগী সাইগংদা লেপ্লুনা পাওহংলকই।

মোংবা য়ুম অসিবু কনা কনা লৈবগে হায়না পাওহংববু, মোংবা, য়ুম অতুগী মুজা ওইবিদো মপারি অমা নাওনোলমলে। কোরৌ মুমিৎ অতু হুমনি শুরমলে। মুজা অতুগী মপুলোইস্ন লৈরমদে।

তাইবং মালংপান্দা লাইর অতোন তা, থএলৈ অয়েং চেংলহুনা ইশানৌ নংবু লৈরম্মু ঐদি লমলেন অতাম্বদা তরেৎকী শেনজা তানলুখিগে। ইপারি শাৎলক্লবা ইমোম ফুইবক্লবদা, অবাবা খুদোং থিবা তারে হায়দুনা থম্ময়গা চংখিএ। চৎখিবা মহাকম্ন লাইপক থিবনা অনা শিংগুমহুনা হেন্দৌ নাহেচন, অয়ো মুসারবগী তকলৌ শিদং শোন্না মীকপকুনা লৈরিএ।

মহাকী মতুং অহুদা মুজা লাইবক থিবীনা মপারি নাংনৌরবগী শাগৈ নাইতে লৈজদবনা লৈকাই মচেম মনেম চংনা নাওপোকপিরম্বনে। চিংঙু নোংথৌ সালাইলেমগী য়ারা মপাও লাওববু তাবদা, মুজা অহুনা থাংঙা মাগী পোক্লফমদগী পাওখুমজরকই।

লৈকাহগী পঙ্গৌ কনানো, ইবুং কনানো পাওখুম্নকপবুনা তারবদা চিংঙু শিদবনা হায়রকই।

হা পলেম মতম মানবী, ঐদি লমপোই লাইবু নিংবনে হায়বা পাওতাকখোন্দগী মুজা লাইবক থিনীনা কপতুনা হায়রকই।

হে খোইয়ুম লাইবু নিংবা থোই খোইবাও, মুজা ঐনা লাইর অতোন তান, থমলৈ অয়েং চেংবনা তরাগী চেং থুযা অমা হাপনিংঙাইস্থ লৈজদে। তরেংকী শেনস্থ কংনিংঙাই লৈজদে। তাইবং মালংপান অসিদা লাইরবা মপোক তোনথবেদা।

খোইযুম লাইবু নিংবাও, ঐগী বারগুম্বা অমতং লৈজদরবস্থ নথোং থাদা থুকমজগদবস্থ, পারি লাইবক থিবা অমবু নাওনৌবগী, তাইবংগী চংনবী যুমাং-কৈমাংবা ওইবনা, থোরকপস্থ য়াদবনা বারৌবিগস্থ হায়না হবঙাই মপাও চাউনা মীকপথিএ।

মুজা মপাওমেনবু তাবদা, খোইযুম কোনথৈ অতাম্বা চিংঙু নোংথৌ সালাইলেনা হায়রকই।

মুজা নংগী থাম্মোই অশেংবা বাহৈ অহু তাবদা, লমপোইবা ঐগী পুক্লিং অসে মুংরোনলে। ঐদি তারা চেংনিবা লাকপা নত্তে। লমলেন অতাম্বদগী লাকপনা হনবা ঙমথিরহুনা, পলেম নংগী মায়ুম মোংবা মরানয়াই, সালিক নংগী লাইথনহুং মাঙোল মচি অমদা, অসি কৌবা য়ারেকে কয়েং নোংফাইগে হায়বগী লাকপনে।

অসুম্মা হায়না পাওতাক্লবদা মুজা অতুনা পাওখুম্লকই।

খোইযুম লাইবু নিংবাও, নহাক্না মুজা লাইবক খিবী ঐঙী ইরানয়াই অসিদা রাইথুংবিরবদি লাইবক ফবনে। অহুবু তাইবং মালংপান অসিদা লাইরবা মপোকনিনা তৌলাং ফক অমতবু লান খাইনিংঙাই লৈজদে। চরৈ ফি অমতবু লান খাইনিংঙাই লৈজদবনা করিবু হায়না পাওখুম্লশিগে।

ঐঙী ইপুলোইবসু লমলেন অতাম্বদা তরেৎকী শেনজা লাংবা চৎখিবসু, ক্নলক্কবা মরমনা হৈনা খোখন তৌগদবসু লৈজদে!

লাইবক খিবী ঐনা মৈনিং কুম্বা হায়বা অহু ওইবনা, খোখন তৌবসু য়াদবনা করি ওইরশিগে হায়না ম্নারা মপাও চাউনা মীকপ্লক-পনু, চিংঙু নোংথে, সালাইলেন্না পুক্নিং শেংনা হায়জবা রাবু তারবদা হায়রকই।

পলেম মতম মানবীও, তৌলাং ফকসু শিগমু চরৈ ফিসু পীগমু, ঐনা লৈকাই অসিগী অতোপ্পা য়ুম অমদা চংলুগে হায়ববু, পালেম নংগা মান্নবা পুক শেংবদি লৈরমলরোইএ। নংগী মাঙোল অসিদা মালেম লৈপাক মচি অমদা, অসি অহিং অসিদদি কৌবা য়ারেক্কে ফয়েং নোংফাইগে পালেমও।

অসুম্মা হায়রবদা, মুক্না ওইবী অতুনা হোয়ারবগী চিংঙু নোংথো সালাইলেন্দি কৌবা য্যারেক্কে হায়না মাঙোল মচি অমদা ফম-ফম্লখিএ।

মুজা অতুনা হায়রকই, হে লমপোইবা লাইবু নিংবা অখোইবাও, তাইবং মালংপান অসিদা খোইযুম নোংদম্বা কৌবা লাইবা, সারু লাইবক খেনলা ইবা মতমদা লাইবা অতোন-তা, খমলৈ অয়েং চেং

ইথীরম্বনা পারি লাইবক থিবা অমত্তংবু ফংজরিবা অসিগী তাইবং-পানবগী হৌনা ময়মচৎ, ইপান (যুপাল) থাবা হায়বা অতুবু তৌবা ঙমলোইদৌরিএ।

পম্মৌ মপানা হুনলক্কবগা মুক্তা ঐনা তরেৎকী শেনজ্জা লৈজ-দবগা, লৈকাই কোইনা পামলান্দুনা শিনস্নু লংঙু বস্নু ঙমদরে। লৈতা লাইর কোইনা থিরুবস্নু ইশানা কোইনা চৎপস্নু ঙমদবনিনা ইচাগী ইগী মপান থারোইদৌরিএ।

হে খোইযুম নোংদম্বা নংনা ওম্মোক্লা থিনা নোংদম্বীদা হায়না হেক্কাই মপাও চাওনা, মিৎস্না লাইজ তলং শিম্নুনা মীকপথিএ।

মুক্তা মপাও তাবদা লমপোই লাইবু নিংবা পুক্লিং অসে মুং-ঙোনলে।

ঐদি অসি কৌবা অহিং ( ইমুং ) অসিমত্তা যারেক্কে হায়না লাকপনি। অতুবু পলেম নংগী মতৌ অৱাবা অসি উবদা, সামু খোং থাংত্না চৎপা ঙমলোইদৌরে। পারি নৌৱা অঙাং অতুগী ইগী মপান থাবা হায়বদো, লমপোইবা ঐনা লৈকাই যুমখোং থুদিং চত্তুনা নিরুরগা হৈরাং নিংথিবা লৈবাং নোংচুম্ববু, খোইযুম নোংদম্বগী মফমদা লাং, তাইবংপানববু পালহুনলিবা তম্বা ( অপাম্মোইবী ) পাম্মোইবীগী মফমদা কত্তুনা খৌনিরমলগে। নচাগী ইগী ইপান থাদ্রিবা ফাওবদি লমপোইবা লাইবু নিংবা ঐদি হুনলরোইএ হায়না তাকপিববদা মুক্তা লাইবক থিবীনা হিক্লা ফপতুনা হায়রকই।

তাইবং শেম্বা মপু নহাক্লা তোল্লবী নচা ননাইনি হায়না খন-বিহুনা, লমপোই লাইবু নিংবা নহাকপু ফুশিনবীরক্লরোইদো। পারি ইবুংঙো য়াইফবা খোইযুম মাগী নোংদমখোন্দগী ইচাগী হৌনবী ইগী মপান থাবা তারে হায়না হরাওজখিএ।

অম্তুম তৌনা কোরৌ শিংবুম মুমিৎ মতক্ককনি শুবদা, চিংঙু নোংথৌ সাসাইলেন্না তাইবং যুমথোং খুদিং চত্তুনা তবেৎকী শেনজা নিরুয়গা, নিংথৌ স্না কৈথেললেন্দগী হৈরাং লৈরাং লৈরক্তুনা মুমিৎ থোংলোম নাতৈ থমথরবদা, য়াংলৌ অহিং ওইরবদা ইসাইফু ভৈনা খিন, তাওচিং মানৌ থেৎ, লোইমোম কোগা (কোথা) থা, কম্বী মৈথু খু, মৈরা চাওনা থান, চিংঙু শিদবা কোনলোই ঋিংথৈ শোয়া ইলাৎ থৌনিবিথিএ।

থৌরম থৈবীকপু লোইরবদা অয়ুক মুমিৎ কারকপা তয়ানিঙবা মুমিত্তা, তাইবং মপু সনতলং কোরৌহনবা মুমিৎপু থৌনিবিথিএ। থৌরম থৈবীকপু লোইরবদা থোইয়ুম সালাইলেন শিদবনা, মুজা লাইবক থিবীগী মফমদা মপাওমেনবীরকই।

হে পালেম মতম মানবীও, থোংজিন পৌলোন থাকরোই, খাম্বী মৈরা মুৎফবোই। হোলেন অহিং নোংময়াইদা নমু মীচিক মীলাও-থোন তাদ্রবদা, নোংদম্বা লাই সারু লাইবক খেনলা ইবা মহাক্লা লাক্তুনা, নচাগী লাইবক খেনলা ইবীরগনি। অদুবু নমু তাইবংগী মপোক্লিনা নমিত্তা ভবা ফংলোইএ। মাইকৈ ভাকপা লাইদা নচাগী তিনচং লাইচংদনবা লিরি থম্মোই তিং, লাকা তেনটৈ লাকনা শিন্নবীরমলগে। ঐস্তু নচাগীদমক মপাল লাংদা কমত্তুনা লাইনিং পাৱৈ চেৎপীগে। অস্তুম হায়না তাকপীবমলগা চিংঙু নোংথৌ সালাইলেন্না মপাল লাংদা থোরক্তুনা, মালেম লৈজা কমত্তুনা মমিৎ চেচেৎ উইশিন্দুনা লাইনিং পরৈ চেৎনা লৈরিভৈগী মতমদা, থোইয়ুম নোংদম্বনা নৌবা অঙাংগী লাইবক খেনলা ইবীগে হায়ত্তুনা লাক্লে।

নৌরা অঙাংগী মোংবা মরানয়াইদা চংলকপদা, চিংঙ্ নোংখৌ সালাইলেন্না মাঙোল লাংদা ফমহুনা লাইমিং পরৈ চেংলম্বা অহু উবদা, খোইয়ুম নোংদম্বদি অকি পুক্লিং চং খোইয়ুম থক থক নিক্কা কিখিএ।

নৌরা পুংফম হেন্বা তারে হায়রবগী চিংঙ্ স্না মাংদা নাকোই থেংনা চত্তুনা মোংবা থোংচিন চংখিএ। খোইয়ুম নোংদম্বানা নৌরা অঙাংবু য়েংলকপদা পালেম মমা মচাদি খোমলেন তুমখুন তামলম্মে।

খোইয়ুম নোংদম্বনা শিংকোই নিংহুম চিনলি লোংবাবু, সামু খুত্তা পাই, মুকমু তোইলুপনা, নৌরা অঙাংগী লাহানমুক্কী মপোক্তা তৌজ-মহৈ-মনবু য়েংহুনা লাইবক খেনলা থোংদা ইবীরক্লে।

হে নৌরা নংদি, লাহানমুক্কী মপোক তৌজ-মহৈ মনবু থমলৈ অয়েং চেংঙো। অহুগা পুন্সি মুংশাংঙো হায়না ইবীরমলগা, খোইয়ুম নোংদম্বদি নোংমদা চাম্মা পোকপা, চাম্মা শিবগী সারু লাইবক খেনলা ইরুখিগে হায়বগী মপানলাংদা থোরক্লে।

মতম অহুদা চিংঙ্ নিংখৌ সালাইলেন্না নোংদম্বা লাইবু উবদা, লাংবন চৌংশাং খোইলেন হিগুম্বা য়াথংনা খোইয়ুম নোংদম্ববু কৌরকই।

চিংঙ্ ইহিশাং খোইয়ুম ইঙাইলোই নোংদম্বাও, লাহান নোং চিংঙ্ ঐগী মুংনাং কাওখংকোন, সঙ্গাই মকোনলোইদা চাম্মা পোকএ নোংমদা চাম্মা শিএ। অহুগী সরু লাইবক খেমগা ইবা চংলি হায়খিদো, নৌরা অঙাং অসিগী মরাইবক্তা নংনা ইবদা করি হায়না ইবীরবগে, পাওদমও, হায়না তাকপীরক্লবদা খোইয়ুম নোংদম্বনা পাওখুমখিএ।

চিংঙু মপুলেন খোইযুন শিদবাও, নৌরা অসিগী লাহানমুক্কী মপোক্তা মানা তৌজরকপা মহৈ-মন অতুগী য়েংহুনা ইজরমএ, হায়না পাংথুমজববু চিংঙু সাকাইলেম্না হে খোইয়ুম নোংদম্বাও, চিংঙু এনা বাবদি মংনা নৌরা অঙাংগী মরাইবক্তা বরি হায়না ইরম্লো হায়বগী অরাবা শুইএ।

খোইয়ুম নংবু ঙৈহাক মিংকুপ অমতা ঙাইরমও, অমুক্তং য়েংলু-খিগে হায়না হৌগত্লুনা চংখিএ। চিংঙু সারাং অথাম্লা. নৌরাগী লাইবক্তা য়েংলুনবু নৌরা নংদি লাহানমুক্কী মপোক্তা তৌজ মহৈ-মন লৈতে, লাইর অতোন তাও, থমলে অযেং চেংঙো, অতুগা পুন্সিদি সুংশাংও, হায়না ইরম্বু উরবদা চিংঙু শিদবনা খোরক্লগা হায়খিএ।

হে খোইয়ুম নোংদম্বাও চিংঙু ইঙাইলোই, নৌরা অঙাং অসিবু লাহানমুক্কী মপোক্তা তৌজ-মহৈ-মন লৈতে, লাইরা অতোন তাও, থমলৈ অয়েং চেংঙো। অতুগা পুন্সিদি সুংশাংও হায়না ইরিবা অসিবু করি মতৌ কৌবগে। মালেম তাইবংপানবগী মপোক্লা লাইরবদা পুন্সি সুংশাংহুনা লৈগদবগী শরুক্তি হৈয়েংমক শিথিবনা যৈএ। চিংঙু এগী ইমাই য়েংহুনা অমুক হন্না মুং-থংলগা অকবশিং চান্নবা ইবীরমও। তাইবং নোংসাপান করিসু থংদ্রবা চিংঙু এগী ইঙাইলোইনে হায়না পাওতাকপবু খোইয়ুম নোংদম্বনা পাওথুমখিএ।

চিংঙু শিদবা খোইয়ুম লাই নামুংবাও, তৌইগীদি ননাই নোংদম্বনা, করম্বা মুংথংতুনা ইরশিগে। মাগী মাগী লাহানমুক্কী মপোক্তা, মানা মানা তৌজরকপা মহৈ-মনবু য়েংথুনা ইবিয়ু হায়না

চিংঙু ময়াথংবু থোদাবীহুনা, ননাই নোংদম্বমা থোদা থোমগী হৈনা মহুং ইন্দুনা ইজবনে। ননাই ঐনা অমুক হন্না মুৎথত্তুনা ইক-ৱবদি, হৈয়েং তাইবং মীওইবশিংনা নোংদম্বা ঐবু করি হায়খি-গদগে। মগাক্তি অমুক ইরুৱবসু মুৎথৎলগা অক-ফত্তববু শেমহুনা ইবা লাইনে, থোইয়ুম মরা লোবা য়াবা লাই নত্তে, মীচং-মীথাই নাইবা লাইনি, হায়না মিংচৎ ফত্তবা অথিববু লৈৱগনিএ। ননাইদি অমুক মুৎথত্তুনা অমুক হন্না ইবা ওন্নৱোইএ হায়না ৱাকন থোক্লবদা, চিংঙু শিদবা সালাইলেন্না অশাও পন্দোন লোম্লবগা হায়ৱকই।

হে থোইয়ুম নোংদম্বাও, চিংঙু ঐদি লাই পুন্নমক্কী নিংগৌ নত্রবরা, ঐনা হায়বা ৱাবু নংনা ৱাকনথোকপদি ঐগী ইমাংদগী স-লি-স (সৱিস) থোংফম অমতং থাংহুনা চৎলু, নংগা ঐগা হেক্তা শিমিন্নবনি হায়না চিংঙু সালাইলেম্না সবি শোন্না পন্দোন লোমখিৱবু, থোইয়ুম নোংদম্বনা উনপী ৱাখল তৌথিএ।

চিংঙু কোনলোই ময়াথংবু মালেম লৈদা তাহনলৱোই কোবো নোংদসু কাহনলবোই, অদুগা নোংদম্বনা তমথৱবদা সালাইলেন্না থেৎপা ওমদে হায়বা অসিমসু মালেম অসিদা লৈহৌৱসনু হায়হুনা নিংহুনা, থোইয়ুম নোংদম্বনা নমু তাইবংচাগী সারু লাইবক থেনলা ইগে হায়বগী চিংঙু ময়াথংবু হোয়াহুনা অমুক হন্না মোংবা মৱান য়াইদা চংলক্লে। অদুগা নৌৱা অদুগী হান্নগী ইবম্বা লাইয়েকপু মুৎথৎলগা অমুক হন্না ইরক্লে।

হে অঙাং নৌৱা নংদি নিংথৌগী মচাসু ওইৱে', সনা-লুপাগী মপুসু ওইজবো। অদুগা নংগী লাংকমদি হৈয়েং মহুং

মত্তম থইরক্লবা শাংবা লেপতম ফারক্লবা, চাউবা মরাক তানলক্লবা মতমদা তানলোই লুম্নলেন যুমলেপ চারা ওইম্ববগী মর'ন লুহোংলগা (কাংচরগা) কোরৌ শিংবুম তরেৎনিশুবা হুমিত্তা শিয়ু হায়না ঈরমলগা, থোইয়ুম নোংদম্বনা মপান্দা থোরক্কুনা চিংঙু নোংথৌ সালাইলেন্দা হংকৎলকই।

চিংঙু ইবুংঙো মিৎয়েং অচুম্বা নাকোং নাচুম্বা, ননাই নোংদম্বনা মরম পুম্নমক'পু হজরম্লবনে। নদাহলেম ঐাদ নোংমদা চাম্মা পাকএ নোংমদা চাম্মা শিএ। অহু শংগী সাক লাইবক খেনলা ইবা চংলুখিগে হায়রমলগা চৎখ্রে।

চিংঙু নোংথৌ সালাইলেম্মা নোংদম্বনা চৎপ্রবা মতুংদা, থোইয়ুম বাব খেনবু ইরম্বনো হায়না নৌবা অঙাংগী লাইবক খেনলা থোংদা হংশিনলক্কুনা য়েংবদদি, নৌবা নংদি নিংথৌগী মমোম লাংলেন মচা লৈমাম্ন থানালাইশিংদা চনলু, স্না-লুপাগী মপু থইয়ু, সৌকোং-শিংপোং পৈনা, কাগুলেন সনফাং লোইননা পানভে। ঐয়েং নংনা শাংবা লেপতম ফারবা, চাউবা মরাক তানলক্লবা মপুং মতম থইবক্লন্দা, অসি কৌবা লুহোংলগা মতুং হুমিৎ তরেৎনি শুদা শিয়ু হায়না ইববু উরবদা, চিংঙু নোংথৌ সালাইলেম্মা লুংঙাইদা হে থোইয়ুম নোংদম্বও, তাইবং মালংপানগী লুংঙাইবা মথোং শারক্লবা মতমদা, নংনা শিয়ু হায়হুনা ইরমলিবা মতৌ লাংলোন অসিদি করি কৌবনো, হায়না চিংঙু পাইম্না উনকোইম্নুংদা রাখল তৌবদা, নোংদম্বগী রাখনবু 'চিংঙু শিদবনা খংলহুনা হায়রকই।

নোংদম্বা ঐস। ''মগ্রববু সালাইলেন ঐনা থেংপা ভমদে হায়বা আঙবু খংহনগে হায়বগী তৌবনে। নৌরা অঙাং অসি॥ লাংফমবু পিরিবোইদো, লাংফমদি অহন-লমন মনাক্তা ফমজরগা লেনজবা ওম্বী, প্রান্সগী খোংহলেন্দি লাইনস্থু কনবা ভমদে। নৌবা অসিনা শিগদৌরিবা আসাদ লাংফমনে ঃ য়বা খংনবা নোংদম্বা লাইও নংনা ভস্বীরমলবোইরে। অদুন দ ন্ধা অঙাং অসিবু লাংফমদগী কনবাগে হায়না চিংঙুগী পুক্লিংদা খনাথএ।

অহুম্না ইমুং সোনা ঙানলবদা চিংঙু নোংথৌ সালাইলেম্না ঐদি চংলগে হায়না যুধ অহুগী ছুং অহুদা তাকপীরকই।

হা পালেম মতম মানবী ইমাও, নপারিগী ইগী মপান খাবস্থ লোইরে হৌজিক্তি ঐস্থ হনলগে, লমপোই ঐনা নচাগী মরমদা খবদং হায়বীরমগে ভাউও। নপারি চেংনা চান্না যোক-চৌও, নিংথে মচাস্থ ওইগদৌর, নিংথৌগী মমোম লাংলেমস্থ তানলোই লুমনাগদৌরি, লন-থুমগী মপুস্থ ওইগদৌরি। অহুম্নদি ওইরগা পালেমও, অচৌবা লাংফম অমস্তংদদি লৈএ।

মহুদি নপারি অসিনা শাংবা লেপত্তম ফাবজ্রবা, চাউবা মরাক তানলক্রবা মতমদা, মীওইবগী লুহোং খোংদোংবা মতমদা, হৈয়েংদি ইচাবু লুহোং খোংদোংগনি হায়রবদা, মতম অসি কৌবা সুমিত্তা মপা মপু লাইবু ওইববা সালাইলেনবু, ইমুং অহিং অথেংনদা মোংবা নংগী শুপমাং খেনলোংদা, মৈরা থান বস্বী মৈখু-খু, হৈরাং লৈরাং ভজবা খবদং, চংবী লাতোন থক্তা হাপচরগা, নমাই কোরৌ লাইনা পাংবা লমদা ওন্দুনা, চিংঙু নোংথৌ সলাইলেন পারি-পুরী লাইওম্বু থৌনি পুনেম লৈপাইনজৌ।

ইচাগী লুহোং-খোংদোংবা অসিবু মকাই অতোই লৈহনবীগনু, অশি অনা নংহনবীগনু হায়না পুনেমজৌ, হায়না তাকপীরগা, ঐদি চংলগে হায়রুনা চিংঙু নোংথৌ সানাইংলেন শিরবাগী খোং-শানদে।

মুজা অহুগা মনা মচা লৈহৌই। পালেম মমা অহুম খুল্লু খুল্লুবগা কপই। পাখি লাইবক থিবা নংবু লাইরবা মপোক্তা পোক্লদুনা ইগী মপান থাবা ঙমদবনু খোংযুম মথৌজাম্না লংপোই লাইবু নিংবা অমবু পুংশিনখিরক্তুনা, পাখি নংগী ইগী মপান থাবিরম্মী। লমপোই লাইবু নিংবনা হায়বঙ্গা পুম্নমক অদো ইমানা অতৈদি থাজদেএ।

পাখি করম্না নিংথৌগী মচা ওইগবনো, লাইরম্বা মপোক নংনা লনগী-থুমগী মপু ওইগদবনো। অহুনু নরাইবন্না তঅলয়গা ওইজরগনি। ইমানা কাওরোইদবদি হৈয়েং ইচাগী লুহোং খোংদোংবা মতমদা, চাইবং ঐখোইগী পাখি-পুরি লাই ওইই। চিংঙু নোংথৌ সানাইংলেনবু থুকমান্জা হায়বীখিবদো, ইমানা চাইরে যিচি কিশি কিবগুন, থাম্মোই লাইযুনন্নুদা কিদুনা থমগেকো হায়না শোনজ-খিএ।

মতম থরা লৈরগা লমলেন অতাম্বদা তরেৎকী শেনজা তানবা চৎথিবা মপুলোইবা অহুবু অনা তিনকোক লাইকোচরদুনা, তরেৎ শেনজা থরা পুরদুনা মোংবা মরানয়াইদা থাইথুংলরে। মপারি শাৎলম্বা উবদা হরাও মুংঙাইজরকই।

মুজা মপুলোইববু ইথংলেন্দি বারনিদকো। নশাবী ঐনা লাইর অতোন তান, থমলৈ অয়েং চেংবা ময়ম্না তরেৎ শেনজা লাংবা

চংলুবদা, এগী তুংদা নপান্নি শাংলম্মদি ইশানৌ রাবৌ পুক্লিং চনগনু হায়না পাঙমেনজরকই।

অসুম্না লৈরক্লবা মতমদা মশানৌনা কোবৌ নোংমগী মুমিত্তা হাযজরকই। সাবী থংলেন নংবু তাউও, তরেৎ শেনজা থম্না লৈরিবৈঙেদা ইপারিগীদমক চরৈ মকু অমতং লাংবিক্নৌশি। হৈয়েং মমাম্নবশিংনা চাবৈ নিংথিবা শেং, পারি ইচামা খুদৈ খোংদাই শেং, চারৈ ,শগাইবা শেংনা থোরক্লগা পুন্নিং মুংঙাইবোইএ। লাইরবা মচা এখোইদি লৈবিবৈঙেদা ইচাগী চাবৈ মকু অমতং লাংবিহৌশি। নিংথৌ স্না কৈথেনলেন্দ কাকবগা এনা পাম্বা চাবা থন্দুনা চাগী থোনজগে, হায়না হংগংচরবদা মপু লাইবনা চুম্মী হশানৌ পংনা হাযবা অচুম্বনি।

তরেৎ শেনজা পুবগা নিংথৌ স্না কৈথেনলেন্দা কাহ্নুনা, নথ-রাইমা পাম্ব চৈশবু নপাবিগীদমক লৈক হায়না খুজা মপু লোইবনা তাকপীরবদা, মসানৌনা মপাবিবু সামু নমদা পোনগা কাম্নবই।

নিংথৌ স্না কৈথেনলেন্দা যৌববদা, মাচম মনেমশিংনা যোন-লম্বা চারৈ যিবু মথরাইনা পাম্বা লৈহুনা মপাবিদা থোনবীরে। অসিদগী মোংবা মবানয়াইদা হনলকপাদা, কোবৌ নোংশা মৈনা কনবনা উখোং অমগী উকমদা অরা হকচিক লাং পোত্থাহুনা লৈরি-বৈঙেদা, অঙোম নিংথৌ লিক্লাইলোকপনা মপারি শাক্লবগী মমোম ফুহদবগী মরম্না, খোইয়ুম লাইথোং খুদিংগী থুরুম লৈপাইনা, চিংঙু লাইকম অয়াম্ববু থৌচৎনরুবদগী মোংবা মরানয়াইদা হল্লকপদা, পামেন উখোংদা পাকেম মমান। মচাবু ফৈজা তান্দা পমলহুনা লৈরম্ববু, অঙোম লিক্লাইলোকপনা নৌরা অঙাংগী চেংলৌ নিংথিবা কজববু উবদা সামু খোংখাববু ঙমখিদেএ।

হে নোংবা নিংখিদা ফজেদা, নংগুম্বা ইচা অমত্তং লৈজরবদি লৈহৌং শিরবদা, ঐগী ইচুৎ শিন্দুনা অঙোম শাগৈগী নিংথৌ ওইগদবনি। অদুবু ঐগী লাইরক্তা ইপারি যংগম্বু হায়না খোইস্নম নোংদম্বা মহাক্তা তমখিবনা, অঙোম শাগৈগী নিংথৌ কাং-হোবা তারে হায়না নোংবা অঙাং অদুবু চিংনা চিংনা য়েংদুনা লৈরম্লগী, মপুক্লিংদা থাখল অমা লাক্কুনা অঙাং অসি পলেম মমা আসিদা হায়দুনা য়েংলগে।

অসুম হায়দুনা, ইচন ইবেম্মা নংগী ফৈলা তান্দা পমলিবা অঙাং অসিবু ঐনা অসুম অসুম য়েংলুরগা অঙোম নিংথৌ ঐসে খোংথাপ নাকৈ থাংদুনা চৎপা ভমদরে। নংগী নচা অসিবু নিংথৌ ঐতোন্দা পিনরো। ঐ অসে অঙোম নিংথৌনে, ঐনা ইপারি শাত্রবা ইমোম ফুইদবা মবম্মা ঐনা শিগ্রবা থুপগ্রবা মতমদা অঙোম শাগৈগী নিংথৌ ওইরবা লৈররোই। ঐনা নংগী নচা অসিবু ইচা ওইনা য়োক্লগা, অঙোম শাগৈগী নিংথৌ হাপ্লমলগে। ঐগী তৌব য়ুমফম লৈবিবা পুম্নমক নচাদা লোইনা মকু হুনা পিরমলগে। ইচন নংনা থাখল অমতং তৌও হায়না কপতুনা হায়জরক্লবদা মুজা অদুনা হায়জররকই।

হে অঙোম শাগৈগী নিংথৌরেন অখোইবাও, তাকপীরিবা স্না থাখং অদুবু মালেমদা লৈত্রবা য়াইফবনে। অদুবু ননাই ঐসি মুপীচানে, ঐগী ইপুলোইবা লৈরিবনিনা ঐনদি লমথাং অসিদা করম্না ইচাবু লোয়ো হায়দুনা পিরশিগে হায়না পাওখুমলবদা, অঙোম নিংথৌনা চুম্মী, ইচম্না হায়বা নংগী নপুলোইবা অদুদা থুরুমদুনা হায়জগে হায়না ইচল ইবেম্মা নপারি পোখৎলো, মোংবা নংগী নয়ুমদা চংলসে লাকও হায়দুনা মুজা অদুগী মতুংইন্দুনা লাকই।

মোংবা মাগী মরানয়াইদা খুংলবদা, অঙোম নিংথৌ লিক্লাই লোকপনা ওক্লাং চারে য়েঙ্গু না, মুজাগী মপুলোইবগী মফমদা খুরুম-জরবদা, মুজাগী মপুলোইবনা অঙোম নিংথৌনি হায়বা থংলজুনা হায়জরকই !

অঙোম শাগৈগী নিংথৌ অথোইবা ইবুংঙো নহাক্না কম্বিন্থু লৈত্রবা অরানবা ঐগী ইকমদা খুরুম লৈপাইনবা অসিবু করি মতৌ কৌবগে। ননাই ঐদি পুংঙক ঙকলে হায়না হঙ্গৎচরবদা, অঙোম নিংথৌনা হায়রকই।

ইয়াম্বা ইবুংঙো তাবীয়ু, ঐনা খুরুমজরিবা অসিগী মরমদি অতৈ নত্তে। মপারি নিংথিবা লুংচানবা অসিবু লিক্লাইলোকপা ঐগী ইচা ওইনা য়োবচরগে। ঐদি ইপানি শাক্তবা ইমোম ফুইদবনা ঐনা হৈয়েং শিগ্রবদা, অঙোম শাগৈগী নিংথৌ ওইবীনবা লৈতরে। ঐগী লৈরিবা লৌরি য়ুমফম পুম্নমক মচাগী মনিংদা পিরমলগে। অঙোম শাগৈগী নিংথৌ হাপলগে। নংনা থৌজানবীজুনা পীনবীয়ু হায়রবদা পন্থৌ মপানা হায়রকই।

হে নিংথৌ অথোয়বও, লাইরবা পিতৎ-পাতৎপা, মচাক চাবা মপুক থন্দবা, শেংনিংবা চানিংবা মনিং থুংদবা, ইচাবু নিংথৌ শেম্বীগে হায়ববু ইচাগী মরাইনক ফবা নত্তবরা, মীনা তানবা কংগ্রবা বাবু তাকপীরে।

হে ইবেম্মা নংবু তাউঙ, পারি ইচা অসিবু নিংথৌদা কংগ্রশি। লাইরবা ঐগী য়ুম অসিদা চাবা মপুক থন্দা, শেংপা মনিং থুংদনা লৈপদবগী শরুক্তি, লুংঙাই য়াইফনা লৈজগ্রসমু হায়না ঙাকপিরবদা মুজা মশানৌনা কপত্তুনা হায়জরকই।

হসাবা নংবু হথাঙ্গুংগী পাম্বি ইচাবু, লাইরবা মপোক্তা পোক্লকই হায়হুনম্মু করম্না ইনা ইচা শেংনম্বশিগে, হায়না মীকপ্লবদা অঙোম নিংথৌ লিক্লাইলোকপনা হায়রকই।

হে ইচন ইবেম্মা, নংনা মচা কাইনগনি হায়বগী হুংঙাইতবা ঙাখলনা মীকপলিবদো কপলগনু। মপাম্বি কাইনদনবা নংস্থু চংলো ইয়াম্বা নংস্থু চংলো। নংগী লাইরবা য়ুমশি হুনচেক্লমলো। অঙোম ঐগী স্না কোম্নুংদা পুন্জিচুপনা লৈমিন্নকমশি, হায়বদা পলেম পম্থৌ অনিমকপু কাইনগনো হায়বা বা অম্থু তাবদা, হুংঙাইজহুনা পালেম মমানা মচাবু সামু নমদা পোখংলক্লে। মপন পম্থৌনা লাইরবা য়ুমবু হুনচেক্রমলম্মা, অঙোম মন্থুম নাক্তা লাক্লে। অম্থুম্মা অঙোম মন্থুম নাক্তা য়োরবদা, মপাম্বি অহুবু অঙোম লিক্লাইলোকপগী মচা ওইনা য়োক্তুনা লৈরক্লবা মতম অসিদা, মপাম্বিগী কোনলোই মমিংবু লিক্লাই নিংথৌ-লেম্বা কৌজখি।

মপারি লিক্লাই নিংথৌলেম্বনা চাউরক্লবা মতম অসিদা, কোম্নৌ নোংমগী হুমিংতা মপা মচা লোইন্দুনা, মচাবু মাংদা থানা পুম্নক্তুনা স্না কোম্লুং কংলা কাক্লসি, পম্থৌ নিংথৌ থুরুম্মুশি হায়হুনা লাকই। মতম অসিদা খাবা কাম্দোং পোংনা নিংথৌ ওইহুনা পানলি। পোং নিংথৌবু থুরুমগে হায়হুনা লাকপনা কংলা য়োই-কোম্লুংদা চংলকপদা, খাবা কানদোং পোং নিংথৌনা স্না কম্বানলাংদগী য়েং-লকপদা, মরূপ লিক্লাইলোকপগী মমাং থানা লাকপা অঙাং পাখং লাইহুবু উবদা, য়েংঙু য়েংঙুবা মকমদা অবাংপা লৈতনা, চেংলৌ লক্লম্মা নিংখিবা কজবা অহুবু উবদা, খাবা কানদোং পোং নিং-থৌনা লাওরকই।

পাথৌ মরুপ চাম্নবা লিক্লাইলোকপাও, মংগী নমাং থানা লাক্লিবা অঙাং পাখং অহুবু কনানো শায়না পাওহুংলবদা, অঙোম নিংথৌ লিক্লাইলোকপনা পাওখুমলকই।

পাথৌ মরুল নিংথৌ ঐগী চানে হায়না পাওখুমলবদা, খাবা কানদোংচানা লাওও পাথৌ, অঙাং পাখং মচা অহু ঐগী ওইদা কন্থাল লাংলো-লাও হায়না থুংচেং লাক্কুনা চিংখংশিরগা, খাবা কানদোং পোং নিংথৌগী ওইদা কমহল্লগা হায়রকই।

পাথৌ লিক্লাইলোকপা নচা ইবুংঙো অসিদি অচম্বা নচা নত্তে, য়েংবদা মতিক ময়াই লৈএ লেমনা মাংওইএ। মুংশিবা শক্তম্না মাংদা থানা লাকপা অঙাংনে। খাবা ঐগী পুক্লিং অসি মুংবোনলি। পাথৌ নংগা ঐগা হৈযেং চাদোন মুদোন কাওবা তৎনদনবা, অসি হায়বা মুমিং অসিদা ইমোম লাংলেন মুংচানবী লৈমা খোমদোনবীবু পাথৌ নংগী নমৌ ওইনবা অঙোম নযূম নাক্তা পিরবনে। নপারিদা কাউচনরবনে হায়না মমা য়াথং ভাকপীরবদা, অঙোম নিংথৌ লিক্লাইনা য়াজখিএ।

পাথৌ মুংঙাইকরেদা, নমোম লাংলেন মুংচানবী মমা লৈমা খোমদোনবীবু, অঙোম ঐগী ইমৌ ওইজৌ হায়না পিরিবদি লাইবক কবনে হায়না খুমজহনা পুকমজখিএ।

খাবা কানদোং পোং নিংথৌনা হায়রকই। হৌজিকমক ইচা ইচাগী শরুা য়াইনবা লুহোং খোংদোংবগী মুমিং থা যেংগনি, হায়না খোংঙাক কুরুম যানখিবা হবু হবুবী অনিমকপু তাননা মনাইশিংবু কৌহনখিএ।

অহুম্না কৌহনখিবা খোংঙাক কুরুম কানখিবা হবুবা হবুবী

অনিমকপু স্না কোঙ্গুংদা রাইথ্রুংলবদা, থাবা ফানদোং পোং নিং-থৌনা স্না য়াথং তাকপিরে।

ইপু ফানথিবা ইবেন ফানথিবী অনিমকশু, ইযোম লাংলেন লৈনা স্না খোমদোনবীগা, পাখি ওইদা কমলিবা অসিগা, তাইবং য়ুমলেপ চান্না তম্বগী সুমিং থা অফবা য়েংবিয়ু হায়না পাওতাকপী-রবদা, থোংঙাক কুকম ফানথিবা ফানথীব অনিমম্না কোরপাক মাংদা থানা, থোরচৈ থুঙ্গা পাইনা হোত্তুনা য়েংবদা, অডাং অনিমক অসিদি থোক্তুনা নোংদম্বনা তম্বা খুৎশেম্মি য়োমলবা থায়োমনি পুনলবা লৈপূম্নি। লুহোং থোংদোংবা সুনিত্তি কালেন থাগী হুমনি পানবা নিংথৌকাবা সুমিত্তা য়ামনা ফরে হায়না হঙ্গৎলবদা, থাব ফানদোংনা য়াম্ন' মুংঙাইয়ে ইপু হায়না পুক্রিং হবাওবা ঙমখিএ।

থোংঙাক হম্বু হম্বুবী অনিমক হনগ্রবদা থাবা ফানদোংচানা, অঙোম নিংখৌ লিক্লাইলোকপা য়েংহুনা হায়রক্ ।

পাখৌ নম্বু নগাগী থৌলাং তৌরম্না। ঐস্থু ইমোমগীদমক লন উননবা, চাম্মা চাম্মনা থুচিং ওইনবা থৌলাংলগে, পাখৌ নংস্থু নয়ুমদা হনলো। ওবাম লিক্লাইলোকপদি মপাখি স্নুংচানবু পুহনা মোংবা মগী মরান য়াইদা হনখিএ।

অস্থম লাকপদা নোংবা সঙ্গাই য়ৌরবদা, পালেম পখৌ অপোকপা অনিনক্কা পাওদনখিএ।

অম্বুম্না মাগী মাগী থৌলাং তৌনা লৈরকপনা, কালেন থাগী হুম্নি পানবদি হৈয়েংনে হায়বা মুমিং অক্তুদা, লাহান নোং পালেম মমা অপোকপীনা মরান লাইম্না য়ুমদা লৈরিঙৈদা, মচাগী ইগী মপান

থাবা মতমদা লমপোই লাইবু নিংবনা হায়রম্বা বাবু থোকাওরবনা, পালেম মমা অপোকপীনা লিক্লাইলোকপা নিংথৌগী মফমদা হায়-জরকই।

ইনিংথৌ ইবুংঙো তাবীয়ু। হৈয়েংদি ইপারি লুহোংবা তারে। হৈয়েং ইপারিগী অকাই অতোই পুয়মকপু ঙাকপীনবগীদমক তাইবংগী পারি পুরি ওইরবা, লাই চিংঙু নোংথৌ সালাইলেনবু, ওসিদি খুরুম লৈপাইনজগে চায়না হঙ্গৎচরক্লবদা অঙোম লিক্লাইলোকপনা জুংঙাইদা নংগী নবা তাবতা ইচন ইবেম্মাও, য়াম্না লৌশিং চাউইদা চিংঙু নোংথৌ সালাইলেনবু খুরুমজগে হায়রবদি করি পোৎলম চং-পদগে হায়রবদা মুক্তা অহুনা খুমলকই।

তাবিয়ু ইনিংথৌও, লৈজবা হৈরাং লৈরাং থরদং লাংচরগা, মৈরা অমতং থান কম্বী মৈথু খুজরগা, হোলেন অহিং অথেংবদা খুরুম-জগে হায়না হঙ্গৎচরবদা, অঙোম নিংথৌনা ইচল নংগী ননিং থুংনা খুরুমজো, নচাগী য়াইফনবা হায়দুনা তাকপিখি।

পলেম মমা অপোকপীনা ইমুং সান্নাই মাংদা, শুপমাং থাকম-লেন্দা থোক, মালেম লৈমাই তৈ, চংবী লারাক লাতোন থা হৈরাং, লৈরাং হাপচা, মৈরা চাউনা থান কম্বী মৈথু খুনা ইরাৎচরগা, মমাই নোংথৌ পাংনা য়েংহুনা চিংঙ নোংথৌ সালাইলেন্দা পাওতাক-চখিএ।

হে চিংঙু শিদবা, পারি-পুরি লাইওইবা মিৎয়েং তাচুম্বা নাকোং নাচুম্বাও, হৈয়েংদি নপারি তাইবংচাগী লুহোং থোংদোংবা থোকলে। অকাই অতোই লৈবা খৈবিকপু ঙাকপিয়ু হায়না তনাং লাইজ শিনথহুনা

মীকপতুনা পাওতাকচরবদা, কোয়ৌ নোংদোল থক্তা চিংগু মিংয়েং তাচুয়না উখিএ।

চীংউ নোংথৌ সালাইলেম্না, মুক্তা মংদি লাহান নোংদা হায়-রম্বা বাবু কাওত্রিবোইয়ে। নপারিগী য়াইবী থবাইদি চিংগু ঐনা কনবীগে হায়না নিংখনখিএ।

অস্তুম্না খুরুমজবা লোইরবদা মোংবা মরান য়াইদা হুজিনলক্কুনা লাইনিংপরৈ চেংনা লৈজখি।

অহিং অহু লেপ্লগা, ইমুং সোরা তৈনা ওাল্লবদা অওোম লিক্লাই-লোকপগী মোংবা স্না য়োইকোম্নুংদা লৈকাই পাকংথৌ অহন লমন মুক্তা শকহেনবী, অহন হমু ময়াই কারবীশিংনা রাইথুংলরবদা, হৈরাং কোকথোংপু, তাওচিং লুথোংননা মরান লুহোং থোংদোংববু থোং-শানলক্লে।

নিংথৌ স্না য়োইকোম্নুংদা অসৈ থোংফাং লেংনা তিন, বাং-লেন পুংখং ভোইনা কোলোই মিংথৈ শিদববু সৈশক্লমই। অস্তুম্না রাইথুংলবদা, অওোম য়েক সালাই থাবা য়েক সালাইবু তিনশোন তম, পারি পুরী থিনা অমাইবা (থাবা লাংথংচানা) তিনশোন লাই-শোন্দুনা, মযোম লাংলেন স্না লৈমা খোমদোনবীবু, অওোম ময়ুম মাক্তা চাম্মা চাম্মানা থুচিং ওইহনবা মরান লুহোং থোংদোংলক্নুনা হোই থিনলক্লবদা, অওোম ময়ুমমাক্তা য়োরকপদা লিক্লাই নিংথৌ-লেম্বা মপারিদি, হেক্কো মাহেচন অয়ো-মুংশাংখানা ভোলাং ফক্তা অনা শিংগুমথবে।

মপন পঙ্গৌ লিক্লাইলোকপনা লৈকাই অমাইবা অমাইবী পুম্ন-মকপু কৌনা থরাই লাইকররকই।

খোইয়ুম নোংদম্বনা তমখিবা নোংদমখোনবু খেৎকদনা, নোংমা নোংমগী অনা মখোই ভোংলবগী মকু নিংথৌ স্না য়োইকোম্‌দগী লেংলগা, মাইবা মাইবী পুম্নমক পুথতুনা থরাই লাইকম্ররকপবু খোইয়ুম নোংদম্বনা তমখিবা, ফুমিং তরেৎনি শুবদা অনা হিদাক নৈথিনবা খোইয়ুম লাইরা চংখিদবনা, থমজুং সারা তান অমন থালৈ কুম্নবদা, শুপমাং থাকমলেন সারা ঙাইনখেন্দা, মপাল লাইগা ম্নাখোকশং শানা চংবী লারাক লানোন থান। লফু এতুপনা মোন-থাংনা, লুথুমদা তাইলেন মশা য়ুংনা মকোক নোংলেম থাংনা, অমন ম্নাতারবদা পালেম পোকমাবী পম্থৌ পোকমাবা লিক্লাইলোকপনা, চিংনা মালেম লৈমাইথক্তা ওন থারো বাংক্রম ওনবশুম নমু মীকপ তোইখিএ।

মসানৌ লৈমা স্না খোমদোনবীনা মালেম লৈদ ওন, মিংস্না খিংজেল হনৌ খোকপশুম মুঙ্গা মপাও চাওনা কপচখিএ।

ইসাবী নংবু করি মতৌ বৌবগে। ননাও লাইবক থিবী ঐনা ঃসাবী হৈনা নতুং ইনলকপবু, কারো মুখিং তরেৎনিদমক মঙাইরিএ। লুখ্রা থমনোং ওই, পাহাং নোংচেং ও ই, মালেম তাইবং মালংপান অসিদা করম্না হুনচেকপিরম্নবনো।

ইসাবী নংবু তাঙাও, তাইবং পালেম মমা শাবী থমজুং শিংস্নু শিংথাবী থমজুং ফিকোই লৌওনবী, খোকঙাক অশিথেন মকুই জুংরোন চীং, রাবগী ক্রে লাঙবা কম্বাল চীং খুম্নুনা মিংস্না তাম্না জুলোক চীংদা কাইদোংবী, পলেম ইমা নঙনা ইমা শাবীনা, হৈরাং কুংক খোংবান নাহা পিলেন হৈবু, (অশি হৈবোং) শামু খুজা পাইনা

পাম্রি নংবু ইমাগী তাওচিং হৈরাং চাও হায়না পাওখেগ্গবু চারুগন্নু। তাওচীং হৈরাং অদুবু চারুরবদি থরক্নুং নৈ চিংকুব্রকদি, মালেম তাই-বংপান অসিদা অমুক হন্না হল্লকপা ম্রাররোই। ইসাবী নংবু চাংগ চিল্লুগনো হায়না পিলেম সাইচি (চাইজি) মরাও থানা মুক্তা মীকপ-খিএ।

নৈকাই পাযংখৌ অয়াম্বন্সু মীকপখিএ।* অস্তুম্না কপ্পদুনা নৈরিবৈদা, চিংঙু নোংখৌ সালাইলেন্না লাহান নোংগী নমু তাইবং পকুন নৌনা লমপোই লাইবু নিংবা শানা লাক্কুনা. অঙোম ময়ুম নাক্কী থরাই থোঙ্গাল হাংমদা হুক্ চন্দা চঙ্কুনা নৈররে। নমু তাইবং অচং অখোকপশিংদা পাও হুংলকই।

তাইবং ইপাচাশিংও, মোংবা ময়ুম অসিবু করি তৌবগীনো হায়না পাওহুংলবদা, তাইবং কহুন মতেম ওইবা অমনা পাউখুম্নবএ।

হে লমপোই লাইবু নিংবও, মোংবা য়ুম অসিবু অঙোম চিক্লাই-লোকপগী সঙ্গাই মকোনলোইনে। মপারি কুংচানবা অমবু ঙাসি তরেৎনিদা মঙাইরি. নরান পুহোং খোংদোংলুবা অদুবু অমন শিংগু-থরদুনা তাইবং অয়াম্বনা মীকপ তোইবনে. হায়না পাউদম্লবদা খোইয়ুম শিদবা লমপোই লাইবু নিংবা শাবনা পাউমেনলবই।

হে তাইবং ইপাও, নৌবা অঙাং অদুবু লাহান নে ২ নৈশেমনৈদা মপুনা নোংমা নংগা ঐগা উনশি হায়বা জুমিৎ পুক্নগী চেংচেন্না নিংখৌ নৈ চিন্দুনা তাইবং খোইলেন লাইরম্নবদি, খোইয়ুম শিদবা লাইনসু কনবা ওমদে। অদুগা থাংউ থক্কা লাংকমদা শিবা ওই-রমলবদি, মহাক্কী নাকোং খোংচাওলেন্দা চিংঙু শ্দবগী মিংথৈলোন অখোইববু শোন্দুনা হিংবা ম্রাবরা হায়না থরাই মিংলাংপানবু কৌদুনা

লাইবক য়েংনিংঙিদা হায়না পাওথুমলক্লবদা, নমু তাইবং অহুন মতম ওইবনা অহুদি ঙাইহাক মিংকুপ মরুমদং লৈরম্ম্, হায়না মখোং পাই-ছুনা থুকমলম্মগা. চেনশিল্লক্কুনা অঙোম নিংথৌ লিক্লাইলোকপদা পাউদমলরে।

হে নিংথৌ অথোইবও তাও, থরাই থোঙ্গালগী পামেন উখোং থাদা লমংপোই লাইবু নিংবা অমবু লৈহৌএ। মহাক্না হায়হৌএ, নৌরা অঙাং অহুগী পুন্সি চেংচেন্না লোইরমলবদি খোইয়ুম শিদবা লাইনম্মু কনবা ঙমলোই। তাইবংগী থাংজ থকী লাংফমদা শিবা ওইরবদি লমপোই লাইবু নিংবা ঐনা খোইয়ুম শিদবা মিংথে-লেন অথোইববু শোন্দুনা থরাই মিলাংলেনবু পাও কৌবদা হিংগনি. লাইপকপু য়েংশিবরা হায়না শোনহৌএ, হায়রহুনা পাওদমলবদা অঙোম লিক্লাইলোকপনা অচেন থোংলৈ য়াংনা চেনলক্কুনা, ঙক্লাং চাবৈ য়েক্তুনা লমপোই লাইবু নিংবগী মখোং কোন্দুনা কপ্লগা পাওমেনজরকই।

হে খোইয়ুম লাইবু নিংবা অথোইবাও, তাইবং নোংসা পাম দমু পোংলম থংদবনে, অমুক্তংবু পাম্মি ইচাগী থবাই মিলাংলেনবু পাওকৌবীয়ু হায়না সামু থুংচে পাইনা চিংলক্লে।

চিংগু নোংথৌ সালাইলেন নমু তাইবং লাইবু নিংবা শাবনা চংলক্তুনা থরাই মিলাংলেনবু পাওকৌরক্লে।

হে নৌরা, নংগী থরাই থবাল অঙাংবদা ডোংবা, থবাল অঙৌ-বদা ডোংবা, থবাল অমুবদা ডোংবা, থবাল অশংবদা ডোংবা, থবাল শাগুলে ডোংবা, থবাল মেমাখবদা ডোংবা, হে থরাই মজামক ডোংসং থপারিগী থাথংনে। তাইবং মান্দংপান্দা ইর্মলকও হনলকও হায়না

শাওকোৗবরু, খমলুং বিবোই কৌওনবীনা তাইবং মমা শাৱীনা খেন-হুনা পুখিবনা হনলকউ হায়বা হাত্রবগী চিংজু সালাইলেল্পা খংলহুনা, তাইবংগী লিংখচবা অওই বাবু হায়দুনা শাওকোৗরক্লে।

হে নৌৱা নংবু কাওরবরা। নংবু পোকপী পালেম নমানা লোইদাম থাপ্লুম তরেং শুরবদা, পারি নংবু ইমানা তম্না চাকউম তমলগে। নংবু য়োকপিনবা পালেম নমাবু ইমানা অমুক হন্না তাক্লগে। নংবু নমা অপোকপী ঐনা য়োকপদি ইমাগী ইবু চাহুনা চাওরকপনি হায়বগী ইচা হায়না মিংথোনবনি। ইমাগী লমনদি লোইরে। নংবু অমুক হন্না য়োকপিনবা নমা অহু তাক্লগে, হায়হুনা তবা চাকথোং তম মথেল লুপোই শেম্না, তাইবং মপু অওানবা কোৗ হনবা মুমিত্তা কংলগা তবা চাকউম্বা মতমদা হায়খিএ।

পারি নৌবা চাউদবা, চাকথোম লুলোই অহানবা অসিনা নংবু ঐবু শেম্বিবা তাইবং মপুবু কাওদনবা চাকনে চারো। চাকথোম লুলোই অনিশুবা অসিনা নংবু য়োকপিনবা মালেম নমা লৈপাকপু কাওদনবা চাকনে চারো। চাকথোম লুলোই অহুমশুবা অসিনা নংগী নথবাই মঙা ফানবা চাকনে মম-মম-কুব-কুক চারো। চাক-থোম লুলোই মরিশুবা অসিনা নংবু পোকপা পালেম পম্বৌ অনিমকপু কাওদনবা চাকনে চারো। চাকথোম লুলোই মঙাশুবা অসিনা নংগী শিংলি-নাওলি পুম্নমক্তা ইপুলোই শিদবগী ইকি্কা চেন্নবা চাকনে চারো হায়রন। নয়াদা ইনবীহুনা চাখিবা নংতবরা। কোৗ নোংনা বাংবা বাংদে পম্বৌ মপানা মহেনবনি। মালেম লৈনা লুমা লুমদে পালেম নমানা মহেনবনি। মালেম নমা লৈপাক্লা নংবু অমুক

হন্না য়োকপিরকপনে। নমাসৈপাক্তী লমন শিংত্রিএ। পালেম নমাগী খোইপুং স্না ইগী কোনলোই ময়াথংনে। ঐনা কৌবা মত্তে, পলেম ননানা কৌবনি। তাইবংপান্দা হনলক্ত লাওও হায়না পাওকৌরক্লবদা, অঙাংগী য়াইবী খোবাই মঙামক্কা পালেম মমা শাবী থমগুং কিকোই লৌওনবীবু য়েংত্তুনা হায়রকই।

ইমা নংদি ঐবু পোকপি ইমা নত্রবানে। মীনম্বা ইমা ওইরমাল্লে। ঐবু পোকপী পলেম্না কৌবে চংলগে হায়না থরাই তন্দলগুম্না পাইরক্তুনা লাক্লবদা, চিংঙু নোংথৌ সালাইলেম্না অসিদা চংল্লো হায়না পাওত্তাকপিরবদা থরাই মঙামকপু চংশিনখিএ।

লিক্লাই নিংথৌলেনবদি তুমলুবগী পান্দমগুম্না ইমা ইমা কৌরত্তুনা হৌগৎলক্লে। নমু নীয়াম অপুম্বনা মতৌ অহু উবদা, লমপোই লাইবু নিংবা ঙসিদি নমু তাইবং নত্তে, খোইখুম লাই'নি হায়না শোন্নবক্লে।

মপন পম্লৌ অপোকপা, পলেম মমা অপোকপী, অঙোম লিক্লাইলোকপানা পারি ইচাগী মমলদি স্না-লুপানা লমপোই লাইবু নিংবগী মখোংদগীনা কোক ফাওবা হৈয়ু হায়না মীনাই-মসন অয়াম্বনা হোন্দোক্লকপবু, লমপোই লাইবু নিংবা শাবা সালাইলেম্না লমপোইবা ঐগী ইরন নত্তে। স্না লুপানা ইলেপ তম্না পিত্তুনা করিবু তৌনগদবনো। লমপোইবা ঐগী ইরন্দ খোইয়ুম শিদবগী মিংথৈলেন অপোইবনা ঐগী ওবননে, নিংচানা হন্না য়েংঙু হায়বা য়াখিদে।

লিক্লাইলোকপনা তে খোইয়ুম লাইবু অথোইবাও, ঐগী লৌরি ইংথোল সঙ্গাই ইকোনলোই অসিদা চংত্তুনা অঙোমগী নিংথৌ ওইত্তুনা কঙ্গাল থক্তা কাদনা পানবীরো। লোইনা কংখোকচরবনি হায়না

মখোং পায়হুনা খুরুমজববু, লমপোইবা ঐগী ইয়ুম ইকৈ লৌথি
য়ুমকম্ লৈতে। নিংথৌ ওইয়ু হায়বা লৈতে। ঐগী ইয়ুমদি
পামেন উখোং খুদিংদা ঐগী ইয়ুমনে হায়না মিৎচিনা হল্লা য়েংবিদে।
ঐদি নমু তাইবংস্থু নত্তে, চিংঙু নোংথৌ সালাইলেননে।

নহাল নোং তাইবংগী অরাবর্ য়েংগে হায়বগী, মমু তাইবং
লমপোই লাইবু নিংবা শানা লাক্নুনা য়েংবদা, তাইবংগী অরাবা
লৈথা তাবনা য়ানলবদা, হৈয়েংদি কোরৌ নোংদা কারগে হায়বগী
তাইবং য়ুমখোং চংনা য়ালেককে লাকপদা, নৌরা অঙাং অসিবু
নাউনৌরমলবদা পালেম মমা অপোকপিনা লৈদি লৈজদা থম্মোই
শেংনা হায়জবদো, চিংঙু ঐনা উহুনা ইমা নংদি থম্মোয় শেংঙি।
ঐনা অতোপ্পা য়ুম অমদা চংলুরবস্থু নংগুম্না থম্মোয় শেংবা লৈরম-
লোইএ। তৌলাং ফক লৈত্রবস্থু, চাবৈ ফিবু থাইদ্রবস্থু নংগী মাঙ্গোল
লৈমাইথক্তা য়ারেকে হায়না লৈখিবহু ঐনে।

ঐনা নৌরা অঙাংগী হৌনবী ইগী মপান থাবনচিংবা মরম
পুন্নমক লোইরগা, হায়বিরম্বা বাবু পালেম মমানা কউচিদবনা মপা-
রিনা হিংবনে।

মীয়ইবনা ঐগী ঐগী থৌরম থোকপা ইপা ইপু থৌনিজবা,
খোইয়ুম লাইবু খুরুমজবা, অতায় ইরাৎপা মথৌ য়াংগোইবা পুন্ন-
মক্তা হৈয়েংদি থৌরম থোক্লে হাশবদা, অসি (ঙসি) কৌবা হুমিক্তা
সালাইলেন ঐবু ইরাৎচরবা খুরুম থাচংনরবদা অকাই অতোই
লৈরোউদমনে। পোইরৈ হৌনা মরমচং অসিবু কাওদবা ওইহৌরো।
হৌজিক্তি নচাগী লাংকম লোইরে। মুংঙাই য়াইকনা পানজহৌরো।

শ্রীহরি কোবৌ থক্তা কাবগে হায়না মালং কেনচি ওই খংকোন নোংঠেল খুইনা মাংখিএ।

খোইয়ুম নোংদম্বা পুবা অসি ইপু মাইচৌ কোনোক থেঙ্না ইবনে, হরি কম্মা লাওনা নমাইলেম তমুন ইবাকমনা কোনশি কা অয়মলগে। হরি-হম্মা-হয়ুম॥

লোইরবা।

# তেংবাংবীরকপশিং ঃ—

১। হুইড্রোম মনি মঙাংচা, ককরা হুইড্রোম লৈকাই।
২। ইরোম অমুবা মঙাংচা, চীংঙাময়থা কুম্বা মখোং।
৩। মাইবম তাম্রা খুমনচা, চীংঙাময়থা ইরোম লৈকাই।
৪। মোংবৈকাঙ্গম মুক্তা মঙাংচা, শিংজমৈ খোঙাম লৈকাই।
৫। মাইবম শুপাঃচা খুমনচা, লিম্বা নিংথৌজম লৈকাই।
৬। অশেম লক্ষ্মন মোইরাংচা, চীংঙাময়থক নাম্বেরাকপম লৈকাই।
৭। ইরোম ইবোতোম্বী মঙাংচা, চীংঙাময়থা ইরোম লৈকাই।
৮। হাওবম অমুবা খুমনচা, চীংঙাময়থা ইরোম লৈরক।
৯। খোকচোম মুহন মোইরাংচা, শিংজমৈ খোঙাম লৈকাই।
১০। যুম্নান নিলকুমার মঙাংচা, লিম্বা সোরোখাইবম লৈকাই।
১১। কাংঙবম জিতেন মঙাংচা, সগোলবন্দ মন্ত্রীময়ুম লৈকাই।
১২। মাইবম ইবোহল খুমনচা, চীংঙাময়থা মাইস্নাম লৈকাই।
১৩। খোকচোম ইবোয়াইমা মোইরাংচা, চীংঙাময়থা মাইস্নাম লৈকাই।
১৪। রাজেংবম রাধা লুবাংচা, চীংঙাময়থা মাইস্নাম লৈকাই।
১৫। পুখেম মোহোয়া মোইরাংচা, কৈরাও বাংখেম।
১৬। সাগোলশেম পাখো মঙাংচা, বাইখোম লৈকাই।
১৭। রাজকুমার স্নাজাওবা মঙাংচা, উরিপোক অচোম লৈকাই।
১৮। ওইনাম যুগেশ্বর খুমনচা, মাইবম লৈকাই খোকুল মখোং।
১৯। সাম্নাত্রাম ইবোয়াইমা অঙোমচা, কৈরাংখোইখোং অঙোংশাংবম লৈকাই।
২০। কৈশাম ইবোবী মঙাংচা, হাওবম মরক কৈশাম লৈকাই।
২১। মোংবৈকাঙ্গম বীরমনি মঙাংচা, চীংঙাময়থা মাইস্নাম লৈকাই।

২২। মুতুম বাবুধন মঙাংচা, হৈরাংখোইথোং অহোংশাংবম লৈকাই।

২৩। খোইরোম বাবু মঙাংচা হৈরাংখোইথোং মাইবম লৈকাই।

২৪। মেংখোম বীর মঙাংচা, ওইনাম থিঙেন।

২৫। লাইশ্রম কেশো খুমনচা, হৈরাংখোইথোং অহৈবম লৈকাই।

২৬। হৈরাংখোংজম মঙ্গী মঙাংচা, সাগোলবন্দ শয়াং পুখ্রি।

২৭। খৌদাম বোর মঙাংচা, হৈরাংখোইথোং।

২৮। থিংবাইজম জয় খুমনচা, হৈবাংখোইথোং মাইবম লৈকাই।

২৯। মোইরাংথেম তোম্বী মোইরাংচা, উচেকোন।

৩০। খৌদাম নোদিয়া মঙাংচা, হৈরাংখোইথোং।

৩১। ঙাঙোম যুগেন্দ্র মঙাংচা, চীংঙামখা য়াংলেম লৈকাই।

৩২। সারাংথেম ভৈগা খাবাচা, হৈরাংখোইথোং অহৈবম লৈকাই।

৩৩। য়ুম্নাম জীভধন মঙাংচা, ওইনাম থিংঙেন।

৩৪। খৌনাওজম চাংবা লুরাংচা, ককৈথেল খৌনাওজম লৈকাই।

৩৫। খুমম্বম অরুনকুমার খুমনচা, শিংঙমৈ মথক চোংথাম লৈকাই।

৩৬। নিংথৌজম নিল্লো মঙাংচা, লংথাবান কুঞ্জা।

৩৭। য়েন্দ্রেম্বম শামুডৌ লুরাংচা, চিংথাম লৈকাই।

৩৮। খোঙাম নোইনোইমী খাবাচা, হাওবম মরক কাংজম লৈকাই।

৩৯। লৈশাংথেম মধু ঙানবাচা, লংথবান কুঞ্জা।

৪০। হিংজম গুনি অঙোমচা, চীংঙামথক নাম্বৈরাকপম লৈকাই।

৪১। ওইনাম ইবোতোম্বী খুমনচা, লংথাবান মন্ত্রিখোং।

৪২। পুখ্রম্বম রূপামচা মোইরাংচা, পুখ্রম্বম থিংঙেন।

৪৩। অয়াম বিধু খুমনচা, খুরাই লম্লোং কৈথেল।

৪৪। কোনসম শিতলজিং মঙাংগ্নী, নঙ্গোল অৱাং কোংখাম লৈকাই।

৪৫। সালাম বাবুধন লুৱাংচা, চাংঙামখা মাংলেম লৈকাই।

৪৬। মোইরাংথেম তোম্পোক মোইরাংচা, হৈরাংখোইথোং মাইবম লৈকাই।

৪৭। ইরোম মংলেম মঙাংচা, হাওবম মরক ইরোম লৈকাই।

৪৮। মোইরাংথেম থোইবা মোইরাংচা, কাংচুপ লমলোংগৈ।

৪৯। অহোংশাংবম শ্যাম থুমনচা, উ রপোক অচোম লৈকাই।

৫০। থোকচোম লণ্ডন মোইরাংচা, চাংঙামখা মৈস্নাম লৈকাই।

৫১। লৌরেম্বম ইবোতোম্বী মঙাংচা, হৈরাংখোইথোং মাইবম লৈকাই।

৫২। পুখ্রম্বম অঙোবী মোইরাংচা, ৱাংজীং লমদীং।

৫৩। পুখ্রম্বম মনাও মোইরাংচা, তেন্থা হৈক্রু মখোং।

৫৪। থাইরাকপম ইবোবী মঙাংচা, হৈরাংখোইথোং মাইবম লৈকাই।

৫৫। নিংথৌজম নন্দবী মঙাংচা, কাংচুপ লমলোংগৈ।

৫৬। খোমদ্রাম শ্যামকেশ্বর মোইরাংচা, হৈরাংখোইথোং মাইবম লৈকাই।

৫৭। মুতুম তোম্বী মঙাংচা, শিংজমৈ চিরোম লৈকাই।

৫৮। হাওবম অমুবী থুমনচা, সাগোলবন্দ মন্ত্রিমযুম লৈকাই।

৫৯। অখেক্সম ইবোচা, হৈরাংখোইথোং অহৈবম লৈরক।

৬০। যুম্নাম গীন্দল মঙাংচা, খুৱাখোং পোলেম লৈকাই।

৬১। খোমদ্রাম অচৌবা মোইরাংচা, হৈরাংখোইথোং মাইবম লৈকাই।

৬২। নাওরেম নিলমনি মঙাংচা, চাংঙামখা মাংলেম লৈকাই।

৬৩। লাইশ্রম শ্যামশাই খুমনচা, লিবা শিংথৌরুম লৈকাই।
৬৪। মৈনম নবচন্দ্রা লুরাংচা, উরিপোক অচোম লৈকাই।
৬৫। পুখ্রম্বম ইবোত্তোন মোইরাংচা, খুম্ব্রাকপম।
৬৬। সানাযাম চাওবা মঙাংচা, ওইনাম থিংঙেন।
৬৭। পুখ্রম্বম বক্স মোইরাংচা লিলোং।
৬৮। ওইনাম কোইরেং খুমনচা, ওইনাম থিংঙেল।
৬৯। থোঙাম মনিহার খাবাচা, চীংঙামথা মাইন্নাম লৈকাই।
৭০। বাইথোম বীজয় মঙাংচা, শিংজমৈ থোঙাম লৈকাই।
৭১। ঙাঙোম ইবোবী মোইরাংচা, খুরাই সোইবম লৈকাই।
৭২। য়ুম্নাম নবা মঙাংচা, চীংঙামথা ময়াই লৈকাই।
৭৩। থৌনাওজম ইবোচৌ লুরাংচা, ঙানপ্পী-থোং।
৭৪। রাজকুমার নরেন্দ্র মঙাংচা, থাংমৈবন্দ শিন্নাম লৈকাই।
৭৫। ওক্রম মনিন্দ্রোন মোইরাংচা, চীংঙামথা ময়াই লৈকাই।
৭৬। নোংথোম্বম সুরচন্দ্রা মঙাংচা, উরিপোক অচোম লৈকাই
৭৭। থাংজম সুরিজো লুরাংচা, উরিপোক যাম্বেম লৈকাই।
৭৮। খুমোংময়ুম বাবু অঙোমচা, চীংঙামথা ওইনাম লৈরক।
৭৯। থোঙাম তেজমনি খাবাচা, চীংঙামথা শিংথৌজম লৈকাই।
৮০। মোইরাংথেম কমুদো মোইরাংচা, চীংঙামথা ক্ষেত্রি লৈকাই।
৮১। আইবম মনিকচাদ মঙাংচা, শিংজমৈ থোঙাম লৈকাই।
৮২। সৌরেম্বম [illegible] [illegible], লিবা শিংথৌজম লৈকাই।
৮৩। [illegible] [illegible] খাবাচা, কাম্ফুপ [illegible]।
৮৪। [illegible] [illegible] [illegible], [illegible] [illegible] লৈরক।

৮৫। কোনসম চাওবা মঙাংচা, ককবা সাইরোম লৈরক।
৮৬। মুতুম বীহারী মঙাংচা, চীংঙামখা কোংখাম লৈরক।
৮৭। মুতুম সেখর মঙাংচা, মাইবম লৈকাই।
৮৮। ঙইনাম ওলেন খুমনচা, লিরা নিংথৌজম লৈকাই।
৮৯। খোকচোম ইমো মোইরাংচা, শিংজমৈ খোঙাম লৈকাই।
৯০। থোইদিংজম কুমার খুমনচা, লিবা নিংথৌজম লৈকাই।
৯১। মাইস্নাম চিংলেন লুরাংচা, কৈরাঙ বাংখেম।
৯২। পুখ্রম্বম মুক্তা মোইরাংচা, নম্বোল লৈমা-পোকপম।
৯৩। মুতুম স্বরজয় মঙাংচা, হৈনৌ থোংনেম্বী লমদোং।
৯৪। পুখ্রম্বম একাতোম্বী মোইরাংচা, চীংঙামখা ময়াই লৈকাই।
৯৫। লাইশ্রম ইপুংঙোচৌবী খুমনচা, কৈশামথোং হোদাম লৈরক।
৯৬। পুখ্রম্বম গীরি মোইরাংচা, চীংঙামখা ময়াই লৈকাই।
৯৭। পুখ্রম্বম ইবেতোম্বী মোইরাংচা, চীংঙামখা ময়াই লৈকাই।
৯৮। পুখ্রম্বম কুমারজিৎ মোইরাংচা, চীংঙামখা ময়াই লৈকাই।
৯৯। খাংঙোইবম জিতেন খুমনচা, শিংজমৈ খোঙাম লৈকাই।



লাইরিকশিংগী উনমকম :—

(মী মমিংশিং)

১। ক্ষেত্রিময়ুম জয়কুমার, চীংঙামথা ক্ষেত্রি লৈকাই।

২। খ্বাইরাকপম ইবোচা, চীংঙামথা ক্ষেত্রি লৈকাই।

৩। তখেলচংবম দামু শর্ম্মা, বামোনকম্পু।

৪। ওইনাম ইবোতোম্বী, পিশুমথোং ওইনাম লৈকাই।

৫। য়াংখেম বোবো, উচেকোন খুঙৌ।

৬। য়াইখোম ইবোহল, হৈরাংগোইথোং নিংথৌজম লৈকাই।

কে: ডি: প্রেস, হৈরাংগোইথোং ইম্ফাল

উনমজবা অহানবা, লাইরিক মশিং—১২০০
কোংখিবগী তারিখ ৩। ১২। ৮৫ ইং

মমল লুপা ৫/-

## ফোংখ্রবা লাইরিকশিংগী মমিং ঃ—

১। মৈহৌ-মোংহৌ ( অহানবা শরুক )
২। চিংগু নোংদম্বা ( অনিশুবা শরুক )

## ফোংগদবা লাইরিকশিংগী মমিং ঃ—

১। থৌরি-জেথারোর লাইশোন পাম্মিং।
২। ঔগ্রি কোনলোই।
৩। ইমোইন্থু লাংলোন থৌনিরোল লাইশোন পারিং।
৪। পাখংবা য়াংবী।

## ফোংখিবা লাইরিকশিংগী ফংফম ঃ—

১। মৈতৈ লৈমা হোটেল, চৌংঙামথা শিংজমৈ।
২। লাইশ্রম তোম্বা খুমনচা, কৈশামপাৎ লৈমজম লৈকাই।
৩। Popular Book House, Near Pologround, Imphal.
৪। Kiran Book House, Near Imphal ;Talkies.
৫। Comic Book House, Nipakeithel Imphal
৬। Laxmi Bazar Stall / No. 20 Imphal
৭। Bijoy Stationery House, Near Bata Singjamei